মণিপুর ষ্টেট কালা একাদমীগী মতেংনা কোংঙবা

# তিলোত্তমা

ইরবী—

টি, চন্দ্রকালা দেবী




## ৱাহৈ খল্লকং

তেলাতমা অয়ম্বা ৱাহৈ সতিগী ৱাশক হায়বা লাইহরিক মচা অনিবু হিজরো মতমদা মপূং ফাবা ঙমদকুনা ঐগী থম্মোয়না শাকুপ অমত্তং লৈথাকম থঙহন্দে। ঐনা মোংযা মুমিদাংৱাইরম অমদা চংঙ্কনবা কনা অমত্তা লৈরদকো হায়না খন্নুনা ইনাক্কী মনাক্তা ফমচনা ইমাগা ৱারী শারিৱগ, ঐখোয়গী ইপুবোক শ্রীমোইরাংথেম কুঞ্জচন্দ্র সিংহ, "লাইহরিক হায়বা" থাজ মোইরাংথেমদা লৈবা অসিনা ঐখোয়গী যুমদা লেঙবীরকই। মতম অসিদা ঐনা ৱারী অসি তাকপীযু হায়না খুৎঙমজবদা ইপুবোক অসিনা মথংশিংনা মপুং ফানা তাকপীরম্মী। মথংদা খুনযুম্বা লৈবা শ্রীযুম্নেম্বম্ লৈকোল সিংহ কৌবা ইবুং অসিনসু হেন্না তেৱাংবীরকখি।

ইকাইখুম্নবা মতৌকু চাবা মণিপুর স্টেট কালা একাদেমীনা লাইহরিক অসিবু কোম্বনবা শেনগী তেংবাং পীবীরকপগীদমক থাগৎচরি। লাইহরিক অসি মমা মতম্বা মরূপ-মপাং কয়ানা তেংবাং য়াম্না পীবীখি। ঐগী ইবুং শরুবা শ্রীজ্যোতিন্দ্র সিংহ, ঐগী মরূপ শ্রীলাকপতি সিংহ অমদি ইনাও নময়ঙ্ভি দেবী অদুগী মফমদগী ঐগী পূন্নিদা শিংজবা ঙম্নোইদবা নুমন্ তাকশিল্লে।

ৱাংখেম চন্দ্রকালা দেবী
থাজ, ৱাংখেম লৈকাই
অংগোকপাগী কোনোয় সনাহন্বী দেবী

# "তিলোত্তমা"

থাবনা মমাঙনৈঙৈদা গদাধর কৌবা ব্রাহ্মণ ধর্ম্ম লৈবা বৈষ্ণব মচা অমা লৈরম্মী। গদাধর মচীন চংপা ইনাক খুনবা অমম্ভ ওইরম্মী। মহাক্কী মচানুপা তরেংথক পোক্রম্মী। মচা নুপা হিরানন্দনা অহনবনি। মচানুপা হিরানন্দবু লুহোংবিরবা মতুংদা মচা অতৈবু লুহোংবিরমদনা গদাধর মোঙাখিরম্মী। হিরানন্দনা মনাও মচাবু মাগী মাগী সহধর্ম্মিনি অমমম্ লুহোংবিরম্মী। মৌ তরুক শুরম্মী। গোপাল কৌবা মনাও অতোনবগীদি লোয়নবী লৈজরমদে। মৌ তরুক অসিনা মুমিৎ মুংন্দ্রিবা কাওনা ভুম্বা হৌগংলমদে। বাই তেদে, কোল্ ফেঙদে, পি শুদে মশা ইকুলুজদে। নোংমতম্ম ঈশ্বরবু পূজা কত্তে। ইমুং অহু নোংমে মোংমগী অস্থুম্ অসুম্ নংথরকপনা চান-শক্লুবা কায়গুম্বা বস্তু অমত তারক্তে। নুপা তরুক অহুনা ভিক্ষা নিহুনা পুরকপা অফংবা থবা অহু খোংলগা চারম্মী। নুপাশিং অহুনা হেকু হল্লক্লিবা কাওনা নুপীশিং অহুনা হিকু কাইনহুনা খুংলে কুপি শামহুনা লৈথোক্রম্মী চাবা থকপা লোইরগা লুখাক শেংলমদে, শুমজিংনা শিঙ্গ্লনা ইচাই চঙইনা থম্মী। ইমুং অহুদা কোন্-লিকু অমতা তারমদে চাকুথুমদা কোম্ কোম্ তৌরগা চাকু এঙ্গুংহাপ্পনা চারম্মী।

ইমুং অহুদা মী লৈবগী ফিভম্ অমত্তা লৈরক্রে। হিরানন্দনা মনাও অত্তোনবা গোপালবু লুহোংবিরগে থল্লম্মী মাংমা থল্লি, ইরা রাদনা কংবা মো ঙাক্না ওইবনা নুপী ওইবগী শাজং লিচং অমত্তা চত্তবনা ইমুং অসিদা লৈজরম্বা সনা লুপা পুন্নমক উংকী মপৈ ওইগ্রবনি। ইনাও অত্তোনবা গোপালগী নুপীদি লাপ্পা চত্তুনা থরা ম্বানা থিরগে থল্লহুনা থা অহুমগী মতম্ চঙনা চংশা একচক্র গ্রামদা থুংলুরে।

হিরানন্দনা মফম্ অহুদা থুংলুবা মতম্দা রাজ সরবোর হায়না কৌবা অচৌবা পুথ্রি অমদা মী লিশিং লখানা পুন্না স্নান তৌরম্মী। মফম অহুদা স্নান তৌরম্বা নুপীমচা ময়াম অহুগী মরক্তা তিলোত্তমা অসিস্থ মাওরম্মী। হিরানন্দনা তিলোত্তমাবু উরুবদা মফম্ অহুদা লৈরিবা মীয়ামদা মশক মখিং হংলম্মী। মীয়াম্না তিলোত্তমাগী মশক মখিং অমদি অপোকপগী মখিংস্থু তাকলম্মী। তিলোত্তমাবু পোকপা মপাগী মনাক্তা চঙহুনা হিরানন্দনা মনাও গোপালদা তিলোত্তমাবু পীবিয়ু হায়না নিজ-রম্মী। তিলোত্তমাবু পোকপা মপা রামকমলানা হিরানন্দদা কনাগী মচানো হায়না হংলম্মী। হিরানন্দনা মোঙ্গাগ্রবা বৈষ্ণব গদাধরগী মচানি হায়ব তাবদা রামকমলানা মচা নুপী তিলোত্তমাবু গোপালদা পীরগনি হায়না য়াবিরক্রে।

হিরানন্দনা মরৈপাক্তা হল্লকুনা মনাওবু লৌররে। একচক্র গ্রামদা গোপালগা তিলোত্তমাগা লোয়ননা লুহোংলে। রামকমলানা মচানুপী তিলোত্তমাবু মপুরোইবগী মতুং ইন্জবো হায়না

থাথং শীন্থনা থাবিরক্লে। তিলোতমানা গোপালগী ময়ুমদা য়ৌরক্লবদা মচেম তক্লক অহু উবদা পূমণ্ডক্ ণুরম্মী। তিলোতমানা চাক থোংলম্মী। চাকখুম অহু উবদা মপুরোইবদা হংজে, ইবুংঙো ইমুং অসিদা তৌরীবা কোম্ ময়াম অসিবু করিগীনো? গোপালনা হায়রকুই, ইবেম্মা কোল লিকু অমত্তা লৈতহ্না কোম তৌরগা চাকু এঙ্গাং হাপ্ত্রনা চারিবনি। মপুরে ইবগী থাহৈশিং অহু তাবদা তিলোতমানা চুমীমা লৈরম্মী। ইবুংঙো লা থরা হেকপিরকউ হায়জরম্মী। গোপালনা লা ময়াম হেক্তুনা পুশিল্লক্লে। তিলোতমানা কোমশিং অহু লোইনা ফুমজিল্লম্মী।

ইমুং মসুংদু লোইনা নীংথিনা তৈথোক্লম্মী। লাশিং অহু চাকলূক লাকেই ওইনা নীংথিনা য়াত্ত্রনা শেল্লম্মী। লাগী দোনা নীংথিনা থেক থেক্তুনা শেল্লগা এঙ্গাং হাপ্লম্মী, ঈশিং থক্লবস্থ নীংথিনা মাগী-মাগী দোনাদা হাপ্লম্মী। অম্মম্মা শেম শাহ্নুনা তশেংতশেংনা মতৌশিং অমদি মচেমশিংবু পীজরম্মী। তিলোত্তমানা মপূরোইবদা হংজরম্মী ইবুংঙো ইহৈ ইবুংঙো তক্লকা লোয়ংনা নোং হেক্ ঙানবগা ইবুংঙোনা চৎপীরিবা অসিবু কদায়দনো? করি করি শিনফম্মা ইবুংঙোখোয়গী জিবিকা হিংনবা ওইরিবনো? তিলোতমাগী থাহৈশিং অহু তাবদা গোপালনা তাকশিরকই। ইবেম্মা চান-থক্লবা ফংমন্দবনা নোংম-নোংমগী ইনিল্ ইনাও এখোয় তরেংনা কোয়না চত্ত্রনা ভিক্ষা নিংবনিনে। তিলোতমানা মপুরোইবদা হায়জরকই ইবুংঙো নোংমা-নোংমগী ফংলকপা বস্থ থর-থরহু নমাই নুবী এঙোন্দা শিন্নবীয়ু হায়জরম্মী,

মতৈ তরুক অহুম্সু ফংলকপা বস্তু পুম্নমক মনাও নুপীদা লোইনা শিন্নরম্মী। তিলোত্তমানা নাংম নোংমগী লক্ষ্মী পূজা কচ্চরম্মী সূর্য্য পুজাস্সু তৌজরম্মী। ফংলকপা বস্তু খরা অহুনা খর খরস্সু লেঙ্কঞ্জরম্মী। নোংম নোংমগী ইমুং অসি চাম থক্লবা মরাও কায়জরক্লে। শেংন ইন্নবা ফি-রোল লৈজরক্লে। মতৈশিং পুম্ন-মকস্সু তিলোত্তমানা হায়জরদা লোইনা য়াবীহন মনাও নুপীবু লুনা চান্না তৌবিরম্মী। নুপী ওইবীগী লাইবক্তা তন্না দশা শোননা মতম ওইরহুনা তিলোত্তমা গর্ভ পুবা খাবুম মঙা মপুং ফারক্লে। মচেম তরুক অহুনা বা খন্নরম্মী তিলোত্তমা অসি তান্থোকখিনব য়াদ্রে। মহাকপু তান্থোক্লবদি ঐখোয় তরুকপু শোয়দনা তান্থোকপীরগনি হায়না য়াম্না ফজনা তান্নরম্মী।

নোংমা ইপঙ্ক থঙহৌদনা ব্রাহ্মণ অমা মুমিং য়ুংবা মতমদা ঙাইহাক্তং পোথাগে হায়হুনা মখোয়গী য়ুমদা চঙলক্লম্মী নুপী তরুক অহুনা ব্রাহ্মণ অহুদা হায়জম্মী। ঐখোয়গী ইনাও অতোনবী অসিবু অমুক্তা তান্থোকপীরম্মু হায়না মখোয় তরুক্না কপ্পুনা হায়জরম্মী। ব্রাহ্মণ অহুনা হায়রম্মী, মাবু হংকনবা মঙায় করম্মা তান্থোকপা ঙমগনি। হাংপস্সু য়াদে মাগী মঙ্গাল লৈতে। মাবু মারিবোধ, নুপী হাংপগী চাউরবা পাপ অমা লৈগনি, ইবেম্ম খায় হায়বৈদে হায়রম্মী। নুপী তরুক অহুনা হায়রম্মী, সনা লুপা য়াম্না পীজগে। ইনাও নুপী অসি খাবুম মঙাগী গর্ভ পুরীগীনি মাগী মচা অসিনা হেক তাইবঙ ফাওবগা মপল তরুক্তা লোয়ননা মপাস্সু শিগনি হায়না হায়বীয়ু হায়না হায়রবদা সনা লুপা য়াম্না

পাস্থা ব্রাহ্মণ অহুনা মারহুনা নুপা তরেং অহুনা হংকুপা জাইহুনা নৈরম্মী। নুপা তরেংনা হলকপদা ব্রাহ্মণ অহ্যবু খেংনেরহুনা ভক্তি তে.য়মী। ব্রাহ্মণ অহুনা চংলগে হায়না হায়রক্লবদা নুপা তরেং অহুনা জোতিষ য়েংবীরম্মু হায়না হায়জরম্মী। ব্রাহ্মণ অহুনা মমিং উইশিন্দুনা ক'র অমতা জাক্কনা তুমীমা নৈরম্মী। নুপা তরেং অহুনা ব্রাহ্মণ অহুনা হজংচরম্মী। গুরুদেব করিগী তুম্মীম্না নৈবিরিবনো? জোতিষ য়েংবগী ফল অহু হায়বীরো হায়না নুপা তরেং অহুনা মাম্মা তানীংনা হায়জরক্লে। ব্রাহ্মণ অহুনা মাম্মা অরাবা শক্কম উংলহুনা হায়য়কই। ইবুংঙোথোয় ইমুং অ'সগী ওইরক্কদবা অরাবা দশা অসি উবদা হায়কম্ থঙদরে। ব্রাহ্মণ ঐ কোকু জাওরে, তু চুংলে। মথোয় মচিল-ননাও তরেং পোকই, মৌ তরেংনি। মৌ অতোনবী অসি গর্ভ পুরে। থাবুম মচা শুরে, মাগী মচা অসিনা তাইবংপান্দা হেক ফাওরকপদা মচিল-মনাও তরেংমক লোইনা শিরগনি। মসিগী অঙাং অসি মাম্মা মহী মম্মাই কন্‌বা ওইগনি। মসিগী দোষ কোক্লবা প্রায়শ্চিত্ত তৌনবা ঈরাং থৌনি তৌবা মাবা পাংস্থে অমত্তা নৈতে। ব্রাহ্মণগী ৱাহৈশিং অহু তাবদা মচিন-মনাও তরেং অহুনা মাবনা মচীন্‌বান্ থ্রক-থ্রক কংলে, মায়থোং খেঙুম্ লাংলে। গুরুদেবনা দোষ অসি কোক্লবা পাস্থে অমত্তদি য়েংবীয়্ হায়না হন্না হন্না হায়জরে। ব্রাহ্মণ অহুনা ইবুংঙোথোয় পাস্থে অমত্তা মদৈত্তরে হায়রম্লগা চংখরে। মচীন মনাও তরেং অহুনা থম্নরে।

তিলোত্তমা অসি বনদা চুম্বোক্লমসি। শা, কৈমা চাহনা শিজগ্রসঙ্গ শিঙু শিল্লবদি ইনাও ইবুংঙোগী নুপীদি অমা হেক্তা লুহোংসি হায়না য়ানরহনা মনাও গোপালদা তিলোত্তমাবু বন্দা চুম্বোক্লমবা য়াথং পীরে। গোপাল ময়াম্বশিংনা হ'ম্বদ ইঞ্জবা ময়াম্বা নীংবা মুপানি। গোপালনা তিলোত্তমাবু মপান্দ চংলুসি কায়না থেম্বীহনা মখোয় অনি লোয়মহনা বনদা লাকখিরে। বন মফুং য়ৌরকবদা তিলোত্তমানা মশানগ লূপ্পনে বন ফাওনা লাকপগী বাবনে চোকথরহনা মপুরোইবদা হায়জরম্মী। ইবুংঙো ননাই ঐগী গন্ধর্ব্ব অসে প্রক প্রক ক'ল, ঈশিং থোরাং-বনা খোঙ থাংবা ঙমজদ্রে, ঈশিং খরদং পীথকপীয়ু। তিলো-ত্তমাবু গোপালনা ঈশিং খিহনা পীথক্লে। অমুক পোথারিরৈঙৈদা তিলোত্তমা বামন্থিবনা মপুরোইবগী তম্পাক্ত মকোক মোন থাঙহনা তুমথক্রে। গোপালন খল্লি মতম অসিদা ঐনা মবু চুম্বোক্লমদ্রবদি ঐনা মাবু চুম্বোকপা ঙম্রবাই খল্লহনা উকক অমদা মোন খ'ঙহনবীরম্লগা। গোপালন হোগত্ত্বা হম্র। হম্রা য়েংহনা চেল্লক্লে। তিলোত্তমা'না মীকপ্ থোক্লকুবা মপুরোইববু কোয়না য়েংজরক্লে। হা ইবুংঙো! গোপাল, গোপাল হায়না কপ্পূবা লাউজরক্লে। কম্রিগুম পাউথূম অমত্তা তাদ্রবদা গোপাল থিবা ফংলরোই মযুমদা চেনক্লে খল্লহনা তিলোত্তমানা মতোঙদা শিজরগে হায়হনা বন মনুংদা চেল্লম্মী। তিলোত্তমানৈ মশম্-মনা ইফা ক্ষাবা লাউ থেংনা কপ্প। ফিতম অহ উবদা আকাশতী লক্ষ্মীন।

অকাশবাণী ওইনা লাউরকই। হায়, হায়, তিলোত্তমা হায়বী ইবেম্মা, নঙ শিবা য়াদে, নঙমা শিরবদি গঙ্গী অঙাং অহূগী পাপ্ নঙনা পুগনি। লক্ষ্মী হায়বী নমা ঐ লৈ। নচাগী ফনবা হল্লু নপুরোইবন্থ নমা ঐনা পীবীগনি। অস্থুম্ অস্থুম্ নোংপোক পাংনা চংলু. শীং চনবা অমা থেংনগনি মতৈ-মনাও লৈবনি, মপুরোইবা অহূগী মমিং কথুর্ শীং চনবা কৌবনি। মখোয়গী মনাক্তা লৈয়ু হায়তুনা তাকপীরক্লবদা তিলোত্তমা শীং চনবগী ময়ুম য়োৎরক্লে। শীং চনবা মতৈ-মনাওগা থেংনরবদা মতৈ মনাওনা তিলোত্তমাবু খাংপোক মচা অমা শাবীতুনা থম্বীরে। নোংমা নোংমগী হৌখিবনা তিলোত্তমা মচানুপা অমা পোকচরে। শীং-চনবী শুপী অহূন্থু মচানুপা অমা পোক্লে। অঙাং অনি অসি মুমিং মঙানিঙমক খন্নরম্মী। তিলোত্তমাগী মচাগী মমিং গুনাধর হায়না থোঙ্গরম্মী। শীং চনবা কয়ুরগী মচানা শাদানন্দ হায়না থোল্লম্মী। অঙাং অনি অসি চাউবা চপ্ মান্নরম্মী। তিলোত্তমাগী মচা অসিগী মশক অসি অঙকপা ফংনা ফজরম্মী। মচ অসিনা কপ্পদা সনা তারম্মী; নোকুপদনা মুক্তা তারম্মী। তারক্লিবা মণি-মুক্তাশিং অদু তিলোত্তমানা থুজিন্দুনা মতুংদু কৈথেলদা পুত্থনা য়োঙ্গরগা চান থকুবা লৈজত্থনা মযুমদা হজরক্লম্মী অম্মুম তৌনা অঙাং অসি চহী অহুম শুরকলে।

তিলোত্তমানা মচাবু মপাল থোকহল্লবদে। মনাক্তগী শুকথা থাংদোক্তনা থন্নম্মী। শীং চনবা মতৈ মনাওনা বাতাগৈ, তিলোত্তমাসি

করিগুম্বা অমত্তা শ নোম্বস্তু লৈতে। মপাল তোম্বা থোক্তে, অর্থাৎ অশান্ত্র লৈতে, কদ য়্নদগী চান-থক্রবা লৌরুরিবনো ? য়েংলসি হায়না লেপ্লরে । নোংমা তিলোতমানা নোংঙাল্লমদাইদা হৌগত্তনা অয়ুক্কী তোগদবা মথৌ তৌবা তুরেলদা চংখিরম্মী । শীঃ চনবা কথুরনা মনীংথোঙলোমদগী লোম্না চঙলক্তনা অঙাং অহু তম্না চঙলকখি । অঙাং অহুনা কিরহুনা ইমা, ইমা হায়না কৌহুনা কপ্লরুম্মী। অঙাং অহুগী মপিনা তারকপদা মুক্তা ঙাক্তা ওইরমই। অহু উবদা শীং চনবা কথূরনা অঙাং অহু হূহুনা পুখীগ্রে । মতৈ মগাওনা মচাবু হুংন্দারুম্লগা গুনাধরবু পুহুনা চহি মঙা চঙবা লম্বী অহু লাম্না চেনখ্রে। তিলোতমানা তুরেলদগী হল্লকপদা মচা লৈরমখ্রে। তিলোতমানা কপ্পনা ঙাওনা চেল্লকপা উয়হুনা লক্ষ্মীনা লাউরকই। হায়, হায় তিলোতমা হায়বী অপঙবী। করিগী কপ্‌-লাউহনা চেল্লিবনো ? মীগী মচাবু মীয়ায়রগনু। ননম্দা পোথংলু। চহি ৫গী মতম চঙগদবা কলিঙ্গ নগর কৌবা মফমদা মচবু পুহনা লৈখ্রে। মফম অহু য়েংনবা নঙস্থু চংলূ। মফম অহুদা মচাবু অমুক ফংজগনি । লক্ষ্মীগী মপাউ তারবদা তিলোতমানা শীং-চরবগী মচানুপা শদানন্দবু পোরদুনা বম মঙুং অস্থম্ অস্থম্ কাখরগা লাকপনা চহি তরা চঙলম্মী। কলিঙ্গ নগর য়ৌরবদা তিলোত্তমানা থোঙ্গাল অমগী থোংনাং বোট মথোঙদা অঙাওবীগুম কমহূনা লৈরিবৈদা, গুনাধরনা নিংথৌগী কোনুংদগী

ষ্টখোড অতুদা পোত্থাবীরম্মু হায়না পয়ল্লগা ময়ুমদা চঙখ্রে। ময়ুম্ হেক্ কৌবগা মাগী কাদা চঙখিহনা খোঙ চেংনা লোনশিন্খ্রে। অশোকপী মমা শীং চন্বীনা ইবুংঙো, খোঙ হাংলো করি ত্তৌরবগে? ইচাগী করি নীংবা থুংদবা লৈতনা চাদ-থকুনা ইচানা খোঙ লোল্লিবনো? হয়া হয়া খোঙ থীন্দুনা মচাবু কোজরম্মী। মমাগী বখ্না শাউনা অহু তাহনা লৈবা ভমলক্কুবদা গুনাধরনা হায়রকই। ইমা, নচ রা অমতা ইমাগী নকমদা হংজগে। মাসদা অশেংবা তাকে হায়না রাশকপীয়ু। ইমানা তাকপীরোইদোবা লৈরবদি নচাদ খোঙ হাংজবা ঙম্ররোই। চাদ-থক্তুনা অম্পুয়ক শিজরগে। মচাগী রাহ তাবদা মমানা রাশত্তুনা হায়রক্লে। ইমাগী ইবুংঙো ইচান হংবদা ইমানা অরোন্বা, অথুপ্পা অমতা থাক্রুরোই। ইমাগী ইবুংঙো খোঙ হাংলো হায়দুনা খোঙদা থীল্লক্লে। গুনাধরনা খোঙ হাংদুনা থোরক্লে। হায়জরকই, ইমা ঙসি ব্রাহ্মণ নচা অমনা জ্যোতিষ খেংবদা ঐবু নমা মশক্ থঙদবা অঙাংনি। নম, মশক্ থঙদবা, মীনা রোক্। মচাদি ঐখোয় লাইরিক্ তম্ফম্সিদা য়াওবা য়াদে হায়বীরকই। ঐবু পোক্পী পলেম্ অহু কনানো? করি মমিং কৌবগে। মচাগী রাহং অহু তাবা ঙমক্রত্তুনা শীংচনবী মমানা হৌখিবা থোংদাক্ পুন্নমক্ লোইনা শেংনা মথং মথং নীবারক্লে। ইমাগী ইবুংঙো নঙনা হৌজিক্ মক্কম্ অতুদা চংপা ঙম্লোই। মক্কম্ অহু খোঙনা য়োনবা চংপদা চহি মঙাদগী হেন্না চঙগনি। বন মচুং ফাওহনা চংপা লম্বীনি চাম-থক্লবা করিমতা ফংলোই, শা-কৈ, হিংচা-য়াইতম্বা য়াম্না কন্দা লম্বীনি। ইচাবু শা কৈনা শোকনি হায়না থেম্বীরম্মী। গুনাধরনা

থোঙ্গাল্ তয়া চন্দ্রগা তিলোত্তমাগী নাক্ নৌরকখী। হা পলেম্ ইবেম্মা, নগাবু পাপ্ কোক্পীগ্ দায়না পুরকখ্রে। তিলোত্তমানা মচাবু মথ দা কে জরগা নান্বীরম্মী। ইমাগী ইবুংঙো ইচাগী পাপ্ লৈতে ইমাগী লাইবক্ থীবননি। ইমাগী পাপ্ লৈবনা ইচাবু কায়-নবনি। শাংচনুবীনা তাম্নরক্লে কপ্ লাউডুনা হায়রে, তিলোত্তমানা শীংচনুবীদা হায়রকই নচা ইবুংঙো শর্দানন্দবু য়েক্তুনা মুডাইনা পাল্ হৌরো এম্ম ইচাবু পুত্তুনা বন্দা অমুক হল্লগে হায়না হায়রম্মী। অস্থুম্ তৌনা তিলোত্তমাগা মতো সাথগা (শাংচনবী) মুক্‌মেং পাওমেম্নরম্লগা শীংচনবী মমা মচাম্ম মুডাইনা মখুনদা চঙলৌরে। তিলোত্তমানা মচা গুনাধরবু পুত্তুনা চহি মচাগী মতম চঙবা বন অহ্ য়োরম্মী। মমা মচানা লক্ষ্মীবু পূজা কৎচরম্মী। লক্ষ্মী লেংবীরক্লে, বিশ্বকর্মবু কৌদুনা নাংথিবা কোম্লং অমা শাহল্লে। লক্ষ্মীগে, পুক্কে পিক্ পম্মা পীবরবদা, লক্ষ্মী না চংলগে হায়না হায়রক্কু। তিলোত্তমানা হায়জরক্‌ই, ইনা নহাগী অরাংপা য়াম্মা লৌরি, ইনা এগী ইপুরোইবা পীবীগনি হায়বা খিবতু কাউবীরত্রা? মনাইগী রাজ তাবদা লক্ষ্মীনা তাক্পীরক্‌ই। তিলোত্তমা, ইমা রা হায়লগে মুদ্রা তাও। নচাবু নগা এনা রাজ অভিষেক তৌবীরবনিনা রাজ সরবোর অমা তৌরো। লৈপাক্ পোলাং অমদা লুপা অমমম্ পীগানি হায়না লাউথোক্লো। লাইরবনা চাকা-থকপা ফংলবা মচিল্-মনাও তরেং অহু নগুনা ফাজিন্দুনা থম্লো। মথোয় মসম্ অসিদা লোয়রদনা লাকনি। ইমাসি চংলগে হায়রম্লগা লক্ষ্মী চংখ্রে। রাজ সরবোর, অমা তৌগনি লৈপাক্ পোলাং অমদা লুপা অমমম্ পীগনি হায়বা পাউ অসি

তাবদা খশীং শঙ্গনা লাক্লম্মী। নোমা নোংমগী তিলোত্তমানা মপুরোইববু য়াওরক্পরা হেক্ হেক্ গেংলম্মী। নোংমদি মতৌ তরুকা লোয়ননা মপুরোইবম্বু যাওরক্পা উবম্মী। মখোয় তরেং অহুবু মচাপা কৌশিল্লু হায়না তাক্লম্মী। শদাত্রতম্বু খাঙলম্মী। মখোয় তরেং অহুবু খবক্ শুহল্লনা সেবা তৌহনা যুঙাইনা পল্লম্মী। মচিল মনাও তরেং অসিনা লোয়নারা তারে। মহারাণী অসিনম্বু ঐখোয়বু য়ামা ইকাই খুম্নৈ, য়াম্মু নুংশি তৌই। ঐখোয় তরেংপু রাম্ সরবোর অসিদা চন্দুনা হাংকাদোরিবা হায়না মপ্‌ায য়াম্না রানরম্মী। তরেংনিঙবা খুনিঙা তিলোত্তমানা মচা ইবুংঙো গুনাধরদা মপাক তরাকা মপাবুংগনি হায়না তাক্পীরনা মচাবু মপা মপাল্শিংদা ভক্তি তৌহল্লম্মী। মপাল্ তরাক্ অমদি মপাবুং গোপাল্ পুম্নমক্না মচাবু মুংশিনা কোন্দুনা শক্শংনরবদা, তিলোত্তমানা মাবু তাকপীয়ু হায়না থুরুমজরম্মী। তিলোত্তমা উবদা মতৌ তরাক অমদি গোপাল্ মপুরোইবনা ইকায়জরম্মী। তিলোত্তমানা হায়জরক্‌ই, পুম্নমক্ বিধাতাগী নোংদম্নি, রারৌজদে। কোনুং অসিদা ইতৌ ইবুংঙো তরাকা লোয়ননা ইপুরোইবম্বু লৈবীরো হায়না হায়জরম্মী। মতৌ তরাকম্বু হরাওনা য়াবীরে। মপুরোইবনম্বু হরাওনা য়াহুনা লৈমীম্নরে। মচেম্ তরাক্ অহুবুম লৌরুহনা মুঙাইনা পানমীম্নরে। মচেম্ তরাক অমদি মতৌ তরাকা তিলোত্তমাবু লক্ষ্মীনি হায়না লুনা চাম্না তৌবিরম্মী। তুশী ওইবীশিংনা লিচং-শাক্তং নাইত্রবদি ঈশ্বরদা ভক্তি লৈত্রবদি লক্ষ্মী ঐনা হম্না যেংত্রে হায়না লক্ষ্মী চবিঙ্গা তিলোত্তমা হায়বা মতেক্ অসিদা মপুং ফানা উংলি।

ওইবীশিংনা চংকদবা লীচং শাকথি কয়াম্ লুবা, কয়াম্ কুপ্পা হায়বদু শৈথাক্তুনা লোইবা ওমগদবা নত্তে। তুপী ওইবীনা নিত্তি নিয়ম নাইতুবা লক্ষ্মীবু পূজা কত্রবী মপুরোইববু নীংত্রবী "অমা ওইরবদি যুমলিং কৈরিংবা লৈরোনাতনে। চাবা থক্পা মীরক্তুবা ওয়োংতবে সংসার অসিদা হাংহনবা, মুংহনবা, মাঙহনবা, কায়হনবা, শেমজিন্ শাজিনবা মপুং ফাহনবা পুন্নমক্ অসি ওইবীনা থোক্হনবা ঙাক্তনি হায়বা অসি তিলোত্তমাগী ৱারী লিশাংনা মরোক লানা তাক্লি।

## ২। "বৃন্দা সতিগী ৱাশক"

শ্রীগুরিগী চন্দ্রা তোম্বী মনাইনা "বৃন্দা সতিগী ৱাশক" রায়বা অসিবু নিজকহুনা তাইবংপানবদা খুদোল্ ওমজগে। অশোয়-অঙাম্ খুরী চেন্বা থোক্হনবাগম্বুকো হায়না মনাইনা থুরুমশ্লে।

সত্য যুগতা বৃন্দা সতি হায়না কৌবা ধর্ম্ম নিত কজবী অমা শাক্খি। সতি অসিবু শঙ্খচূড় কৌবা হিংচাবা অমনা লোমনবী ওইরম্মী। শঙ্খচূড় হায়বা হিংচাবা অসি কনু-থোবদা মপা লৈরম্দে। লাইয়াম্বুসু মানাথীনা লাক্লরম্মী। লাইয়াম্বু জয় তৌরম্মী। সোরারেলনচিংবা লাই কোটিকুম্ হুমদোইবু নমথতনা থম্লম্মী। বৃন্দা সতিনা সতিগী ধর্ম্ম কায়দবনা মপুরোইবনা লাইয়াম্বু ওস্বাক হায়রাসি লাইয়াম্মা থঙলম্মী। শোরারেলনা কিরহুনা ব্রহ্মাগী

মনাক্তা চংলম্মী। ব্রহ্মাগী চরন্দা খুরুমজনা তঙ্গংচনম্মী। প্রভু শঙ্খচূড় হায়বা চিংচাবা অসিবু হাংলীয়ু। লাইয়াম্বু মানা ঙংনৈবনা খাণ্ডব ওয়েরে. ইবুংঙোনা থৌজানবীয়ু হায়না হয়া-জন্না হায়জরম্মী। সোরারেলগী মপাও তাবদা ব্রহ্মানা ধ্যান তৌদুনা য়েংলকলে। শঙ্খচূড় হাংনবা সোরারেলনচিংবা লাই মশিনা ব্রহ্মাবু পূজা তৌরক্লে। ব্রহ্মানা বিষ্ণুদা হঙ্গংচরকই, শঙ্খচূড়বু হাংনবা থৌজাল অমত্তা লীনবীয়ু হায়জনা বিষ্ণুনা হায়রকই, ব্রহ্মা নংগী করি নরাল লৈজনা শঙ্খচূড়না তম্বনো? বিষ্ণুগী মপাও তাবদা ব্রহ্মানা হঙ্গংচরকই। প্রভু শঙ্খচূড় হায়বা চিংচাবনা মাগী বোটি কুন্তুহনদোইবু লৈহংনা ঙম্বদি মাগী তুপীনা সাত ওইবনা কন থৌবা ময়ামদগী হেন্দুনা মানা ঙংনৈবা ঙম্বনে। মাগী বৃন্দা কৌবী তুপীসে জগৎতা মাঙমনা মপুরোইবা নীংবা সত্তিগী হম্ম অমত্তা লৈতে। মাবু সাত ধর্ম্মদগী কায়হল্লবদি শঙ্খচূড়বু হাংপা ঙমগনি।

ব্রহ্মাগী বাজু তাবদা বিষ্ণুনা হায়রকই, ব্রহ্মা নংগু নয়ুমদা হল্লো, বিষ্ণু ঐনু ইয়ুমদা হল্লগে। অম্মুন্না লাইশিংনা ময়ুমদা হল্লে।--অম্মম্না বিষ্ণুনা খল্লকই, বৃন্দা সত্তিগী ধর্ম্ম থুগাইনবা শঙ্খাম্বরগী লৈবাক্তা চত্তবা য়াদে হায়না শেম-শারক্লে। বিষ্ণুনা ব্রহ্মাবু গরুরদা তোংহনা শঙ্খচূড়গী লৈবাক য়োনা পুরক্লে। বিষ্ণুনা বৃন্দাবু সত্তি ধর্ম্ম কায়হল্লগে হায়জনা শঙ্খচূড়গী শক্তম্ লৌরক্লে। বৃন্দা সত্তিগী মনাক্তা বিষ্ণুনা শঙ্খচূড়গী মওংদা লেঙশিন্নক্লে।

বৃন্দা সতিনা মপুরোইবা হল্লক্লে হায়দুনা অশে বা ঈশিংনা থুম্না শেংজরে। ধূপ থাউমৈ কণ্ডনা মপুরোইববু থুরুমজরে। পান, খুদপ্ লাঞ্জরে, চন্দোল্ মথল্ শুনা চাইজদুনা মপুরোইববু থোগাল তৌজরক্লে। বৃন্দা সতিনা সনাগী কাংখোল্ মথক্তা বিষ্ণুবু মপুরোইবনি খঙদুনা অহৌং চুম্না হরাও ফুঙাইনা লক্ল-ফানদুনা শাগ্নমীল্লরে। অদুম্ তৌনা নোং ঙানখিবা খঙহৌদনা অহৌং অন্ন লোইখরে। বিষ্ণুনা মহৌশাগী মশাগী শক্তম্দা হঞ্জিন্দুনা বৃন্দা সতিদা শঙ্খাসুর নত্তে হায়বসি খঙহল্লম্মী। বৃন্দ সতিনা মাগী সতি ধর্ম্ম কায়রে হায়বসি খঙলবদা মথিক্তা মশি তৌ। কপ্পক্ল. মীনমহনা বৃন্দা ঐবু সতি ধর্ম্ম থুগাইবগী বিষ্ণু নঙশু নুং শিংঙৈ কো ওয়দা শাপ তৌরক্লে। বিষ্ণুশু সতিগী শাপ্ না নুং ওন্দুনা তারবদা বক্সিনা বৃন্দা সতিদা শাপ্ তৌরক্লে বৃন্দা নঙশু উ ওন্দুনা লৈমায়থক্তা হৌরো। কলি যুগ য়ৌরগা বৃন্দা সতি নঙনা প্রথম্ সত্য যুগতা সমক্রে নৈবদা খোক্লিখ্রি ইং-শক্তি কালা অমনা তাইবং পানবদা বিষ্ণুবু লাংচবা মতমদা ইবুংঙোগী অয়েবা দর্শন ফংজনবা তুলসি ওইনা হৌখিবনি। তুলসিগী অংশদা! বৃন্দা নঙনা ভিন্দুনা কলি যুগ য়ৌরবদা লৈমায়থক্তা উ ওইনা হৌদুনা লেম্না মাঙদবা ওইরোকো। বৃন্দা সতি হায়বা য়ারী অসি মীপুম্ খুদীংনা তারগা বৃন্দা সতিনা সতিগী ধর্ম্ম ঙাকনা চৎপনা মপুরোইববু থাং-তা চঙদবা ওইহল্লি হায়বা খঙনজসনু। বিষ্ণুগী খুবাক্ত শঙ্খচূড় মথ্থায় থারো হায়না তঙ্কক্পনা বৃন্দাবু বিষ্ণুনা সতি ধর্ম্ম থুগাইবা শুখনি। শঙ্খচূড়না হল্লকুনা বিষ্ণুদা হায়রকই। বিষ্ণু নঙ

নুংথাম্বা লৈমাইংদবদি চেনখৌরো। ঐনা কোনাংদা লোয়না চত্নবা ঐগী লানফমদগী সক্তি ওইবা তুলসীবু লৌনম্ তৌদুনা সক্তি ময়ম্ থংনাইনীরম্লবনি মরম অদুনা শঙ্খচূড় তারাবা হিংবা ঐগী ইমুং অমৌববু তাগে? তৌক্লিন চেনখৌরো হায়দি ঐনা নত্তবা নাংবু লৌরগনি। মোকাংশিনহনবা লাইদ্বাগী শঙ্খ ঐনা ভুমদুনা পুম্মকপু নমাংনা থাইনি। অদিবু নতিক নঙুং লৈদুনা ঐবু লাল তৌবগা লিবনো? শঙ্খচূড়গী লাইংথিলিং অদু তাবদা বিষ্ণুনা মোংমোল লোক্তুনা থুম্মকই। হায়-হায় শঙ্খচূড়বু ফাঙবা নাপল্ তৌগনি নথুম্বা থুংলাক্ত পায়থংল্ বিষ্ণু ইহুং থত্তুনগে। লাল তৌবসি শঙ্খবু কিগদবা নত্তু হাংগবসি থৌতৌও। বিষ্ণুসু থুংলায় পাবগে শঙ্খচূড়সু থুংলায় পায়রে। অদুনা লাল্ থেংনরে। বিষ্ণুনা লিক্লাং শাংথংলে লিরি শিংলে তেন্দা থোংলে কনা কাপ্লক্লে। বিষ্ণুনা তেক্লে লিশিং-লিশিং কাপ্ শিল্লক্লে শঙ্খাসুরনা তেক্লে অদু থবং-ককথংলে। বিষ্ণুনা মৈগী তেল কাপ্লক্লুনা শঙ্খচূড়গী মবুক্তা পান্দুনা লৈমায়দা তুরে।

শঙ্খচূড়গী মশা পুম্বামৈনা কোক্ লাওনা চাক্লক্লে। শঙ্খচূড়না শাউরদুনা থমচেং শাবা তেলবু বাপ্লক্লে। বিষ্ণুনা ইলায় লাংনা কক্থংলম্মী। বিষ্ণুনা শাউরদুনা চক্র লংলক্লে। চক্রনা থাদুনা শঙ্খচূড় লৈমায়দা রাস্তুনা তারে। জ্ঞান তারক্রবদা শঙ্খচূড়না লৈনা য়েংলম্মী। মমাংদা মুথক্ চামা চাউবা নুং অমা তাদুনা লৈবা উরম্মী। বিষ্ণুবু হাংকে হায়দুনা নুং অদু থাদংদুনা শঙ্খাসুরনা হুল্লক্লে। নুং অদুনা বিষ্ণুগী মথবাক্তা পান্দুনা বিষ্ণু

থকু-থকু নীরতুনা 'লৈমারক' চুথিংম্মী। বিষ্ণুনা অ্যান তাদনা তুহ্নবা লৈবা উবদা লাইয়াম্না কুংম্ব য়েংলম্বদ্দি, হিংচাবগী মখুবাক্তা লাইমাম্ পূম্বা মাঙবা তাবে হায়রুনা য়া-বা কাররং-রক্লে বিষ্ণুবু উবনা গরুরনা লাউজরক্লে। হো ইবুংঙো, মঙলি সনাগী কাংথোল ১০ক্তা য়াংশিপ্লিবনি। কবিস্থু লৈত্রবা হিংচাবগী মখুত্তা মারলীবা তৌরদে। মনাই গরুরগী ইনমুংক্তা হাপকংচগে হায়তুনা বিষ্ণুবু হাপকংলে। চাইহাকী মতুংদা বিষ্ণু অ্যান তাংরক্লে। বিষ্ণুনা চক্র পায়দুনা অসুক হমা লাল্ পাররক্লে। মতংদা বিষ্ণুনা পদ্মা হায়বা খুংলায় অদু পায়দুনা অসুক কাপ্লক্লে শঙ্খচূড়না মপাঙ্গল হঙ্গরবদা বৃন্দা সতিদা তমলিন্দুনা হাথরক্লে। বৃন্দা নঙনা লিচং নাইদদুনা শঙ্খচূড় ঐনা লাইগী মংয়োক্তা লেপ্প তমদবনি। শঙ্খচূড়গী বাহু তাবদা বৃন্দানা হংজরক্লে ইবুংঙো মনাই ঐদি হূপীগী অাংঙা পোকৃপনা রাখল্ থেনবা তৌবনা বিষ্ণুনা ইবুংঙোগী শকম তৌদুনা মীনম্ তৌরুনা মনাইবু সতি ধর্ম থুগাইবীরে। ইবুংঙোবু হাংনবা মনাই ঐবু সতি থুগাইবীবনি হায়বা থঙতৌরে বুরোবীগনু। মনাই ঐদি বিষ্ণুগী সেবা কংলুরে। বিধিনা অমা তৌইরে।

অাঙ্গা অসিদা বিষ্ণুনা, নুংসোন লংঙকুনা শঙ্খচূড়গী মখুং অনি, মথোঙ অনিদু ককুথংলে। মথোঙ-মখুং য়াওরবদা শঙ্খচূড়না লৈমায়দা তম্-থোইদুনা থাঙলক্লে। হিংচাবা অহূগী থবাম থায়মদাইদা বিষ্ণুনা পাপ্-লিং অদু কোংকলিরগা

হায়রকে। শঙ্খাচুড় নত্তৗ লিচংবা মতমা বাক্রবনি লাইরাম্বু ওৎ-নৈখিবা মরাম্ অহুগী পাপনি মতম্ বাংবসে। বিষ্ণুগী বাহৈশিং অদি তাবদা শঙ্খাচুড় ফিংচবনা মখিৎ থবিদা প্রেমগী ঈরা চেল্লহবা কঙ্গংচরকে। হবুংলোগী চরণ অহনা মনাইগী ইকোকুবকুসিদা থাঙ্গংপায়ুনে। বিষ্ণুনা চামবীহনা শঙ্খাচুড় হিংচাবগী মকোক্ত মথুৎনা শানবীরে। শঙ্খাচুড় নত্ত বারোগদু হয়েং কাল হায়বা যুগ অহনা বৃন্দাদি তুলসি হায়বা উগী শক্তম্ লোগী ইবেম্মা। অহুগী অংশনা তিন্দুনা তুলসি বৃন্দা সতি হায়না থত্নপ্রগনি। বিষ্ণু এনা শাপ তৌগ্রবনি। বিষ্ণু এশু বৃন্দা শাগ্না নুং ওগ্রগনি। নুং ওগ্নবা বিষ্ণু এম তুলসি বৃন্দাগী মথোতনা লৈগনি। শঙ্খাচুড় নত্তনা শঙ্খ ওইনা পোক্লো। মক্তোন্দা হাল্লা ঈশিংমো ভক্ত ঋষি কয়ানা তুলসি বৃন্দাগা লোয়ননা এক্তোন্দা ঈশিং হৈরগা শ্রীহরিগী খথোইবা ভক্ত ওইজসগু। শঙ্খদা ঈশিং জ্বাক্ত হাপ্তুনা কংলবদি বিষ্ণু এনা লেংর-য়োই, বাহৈশিং অসি হায়নবা লোইববদা শঙ্খাচুড়গী অবোইবা থাহিপ তামজে। বৃন্দা সতিনা ইপুস্নোইবা লৈজপ্রবনিনা হিংলুবগী কায়বা লৈজজে। মনাই পাপীনি এবু শাবগীরো ইশাপ্ অসি কোকপায়ো। বৃন্দাগী রাহ তাবনা বিষ্ণুনা যোমোন নোক্লা হায়রকই। বৃন্দা নত্তনা হয়েং কলি হায়বা যুগ অহদা উ ওইহুনা পৃথিবী মথক্ত হোবা মতমদা মথিংনা তুলসি বৃন্দা সতি হায়না কোগনবনি। অদু পুরুষত্ত্ব নত্তু লাংকনবনি। নত্তু থওইমবা মীপো ইমুং মসুং অবাবা তাবা ওইসগু।

বিষ্ণু হৈনা লিপা নুংগী মথক্তু লোইনা নঙগী মখোঙগা লেঙবনা লৈগনি। মাঙইবনা পাপ্ লৈরবা মপা কত্রবদি তুলসি বৃন্দা নঙবু পাংথবগা অরা-মরা লৈতবা ওইগনু। বৃন্দা নঙবু লাংথবা বিষ্ণু হৈগী অশেংবা ভক্ত ওইসনু। তুলসি মঙুন্দি কংশবদি বিষ্ণু হৈনা লোমদে। মা মতম অসু মচা থাবা পান্দবা ওইরগনু। বিষ্ণুনা বৃন্দা সতিগা মখুংনা লোকপদা বৃন্দাগী হকচাং অসু খুদক্তা তুলসি মরু ওনখ্রে। তুলসি মরু অসু মহাদেবনা খুনগঙ্না অত্তাদা লোমশিল্লে। মহাদেবনা হায়জরকই হয়েং কলি হায়বা যুগ অহুদা পৃথিবী মথক্তা মহাদেব হৈনা থাগনি। অস্থুম হায়না য়াথক্রে। কলি যুগ য়োৎবদা মহাদেবনা থাগনি হায়বা কাউহনা লৈখোকলুরে মহাদেবগী অত্তা অসু শাবনা লৈ হৌবক্রবদা মীংশিংনা কুনা জটাদগী তুলসি মরু অসু পৃথিবী মথক্তা থারম্মী। অদি খোঙ খিংবা অসুঙ খোঙ হাংবা হুমিত্তা মুক্তিগা মথক্তা থাবনা মরম ওইদুনা মরু অসুদগী খুদক্তা উশাম্পী ওইনা হৌরক্লে। মসু উবদা মহাদেবনা তুমিন্না য়েংদুনা লৈরম্মী। থঙহোনবা হয়াওবনত্রদুনা মহাদেবনা মখুং থাংনা থাঙ্গত্না লম-মা লম-মা অগোই শারম্মী। ব্রহ্মানা কাংঙা তোংদুনা থুংলরে। সোয়াবেলবতিংবা লাইরাম্মা অমত্তা চিথদনা মফম অদুদা থুংলরে।

অগোই হৈবোনা অগোই শাবে, ঐটেপ হৈবনা ঐটেপ শক্লে। পুং হৈবা হৈবনা পুং হৈবে। অঙকপা কংনা পুঙাইনরে। হুয়িং অহুগী তুলসি মনাবু শ্রীহরিগী চরণদা কক্তা হৌমরক্লে।

ব্রহ্মাগা, মহাদেবগা অমিনা তুলসি মনাবু মথোক্কা থেংনা হৌরক্লে। মাইপাক্লা তৌরিবা মতৌ অদু উবদা গঙ্গানা শাউনা লাক্লগী। গঙ্গানা বৃন্দাদা হায়রম্মী। বৃন্দা নহাক গঙ্গা ঐগা চংসি ব্রহ্মাগী মনাক্তা, হংক্লিদ ঐখোয় অনি অসি কনানা থেম্না চাউবগে হায়বা থক্লবা। বৃন্দা সতিগা গঙ্গাগা খোয়ংনা ব্রহ্মাদা কনানা থেম্না চাউবগে, কনানা থেম্না সতি ওইবগে হায়না হংজরে। গঙ্গাগী বাহৈশিং অদু তাবদা ব্রহ্মান হায়-রকই। গঙ্গা নহনা শাউরিবদু লাক্লি। বৃন্দা সতিনি তুলসিগা চপ্ মান্নরবনি হিরুগী মকুচাং ওন্থাইনি। মহুদি বৃন্দা সতিবু লেংঙো। বৃন্দানা নৈবা মফমদা ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহাদেব পুম্নমক্না লেপ্লদনা নৈরগদবনি। বৃন্দাগী মতুংদি থাগুনা লোইবা লাইদে। তুলসি, বৃন্দা সতি হায়না লৈংগৌরগদবনি। তুলসিবু থম্মোয় লেংনা পূজা কচ্চরবা মীদো লাই কণ্ডবনা লাক্লবা ঙম্লোইরে। তুগীনা তুলসিবু পূজা কচ্চরবাদি মপুরোইবা অহাবা নংলোইরে। তির্থ কোটি-কোটিনা বৃন্দা সতিগী মখোঙদা হিজুনা নৈরবদে। গঙ্গা নহনা তুলসি বৃন্দা সতিবু খোগলক্লো হায়না ব্রহ্মানা তাকুপীরে। ব্যাস মুনিনা তুলসিবু লাংচবনা শ্রীহরিগী চরণ কংজথিরে। শ্রীকৃষ্ণ ঐমু পূজা কংপা মতমদা তুলসি মনা যাওজবদি সনাংলুপানা থৈরবগু কৃষ্ণ ঐনা লৌদরে।

শঙ্খচূড় শঙ্খ ওইনা পোক্লবা মতমদা ঈশিং হাপ্লগা তুলসি মথক্তা থৈথজরগা শঙ্খগী ঈশিংদা বৃন্দা মনা থাথরবদি কৃষ্ণ ঐনা থাইদগী লেংলে হায়না লৌগনি। শঙ্খাতি মতমদা তুলসি

মীংচত্রবদি মণিপুরোইবদু অহাবা তাগনি, মীবা পোত্রমগী হায়বা লক্ষ্মী চরিত্রতা হায়রি। খুণাগা মণিপুরোইবা, মচানু মীরাইত্রবদি লাই কত্তবন য়েংশিনবা ওয়বে হায়নসু হায়রি। খুনী ভইবীশিংনা ধর্ম নিতি ললবী, লাইবু থাজবী, মণিপুরোইবা মীংবী মণিপুরোইবদু মী-ৎকিনা সেবা তৌবী, হায়বা ইংবী হায়বসি ভইগদবনি তাকপিরি।



